# কক্চিং খুন্থোক্লোন

অইবা :-- ময়াংলম্বম তোম্বা মৈতৈ

অইবা :- ময়াংলম্বম তোম্বা মৈতৈ।
অফোঙবা :— শ্রীকুঞ্জো সিংহ পুখ্রম্বম।
য়োক য়েকপা :— শ্রীনাওরেম মনাও সিংহ।
য়োক পুথোকপা :— শ্রীকুঞ্জো সিংহ পুখ্রম্বম।
মথুম নিম্বা :— ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।
ফোঙবা :— ইং ১৯৭৬।
কোপী মশীং :— ১০০০।
মপু ওইবা :— অফোঙবা।
মমল :— লুপা ৩'২৫।
নম্ফম :— এম, গৌরো সিংহ প্রিন্টিং ৱার্কস, ককচিং বাজার।
পিঃ ওঃ ককচিং বাজার, [মণিপুর]

## চুমথোকপা

| অরানবা | অচুম্বা | লমায় | পরেং |
|---|---|---|---|
| তেকতাক | তেকচাক | ১০ | ১০ |
| নবুং | নংবু | ১২ | ১/৩ |

# -পুনেমজবা-

ইয়ি হয়া হে

থাইমোম লাইনিংথৌ

ওংলৌ য়াইবীরেন শিদবা

য়াৱা কোনথাং শাগী

নমু পোংথোক মথংলেম্না থেমদম্নকপা

থিরেন ওংলৈম্নুংগী

লাবা থিয়াং থোক্লা লমহৌরকপা

থোইমোম য়াৱা নখোঙ্গেন

লাংবন থোইমু থোন্দানবনা

চেংলৌ মায়থোং ওইনা ঙানবা

মালেম মপুংলাক হৌরকপা

সনা কোনফুরেন

মালেম লৈশিরেনগী তোম্নীংথৌ

কোরৌ নোংমদোন অৱাং' তোম্নীংথৌ

মচা য়োইরেনবা অপোকচাদ লাইহুই হৌরকপা

নুমিৎ খোম্মদোন তাউরোইনাই পাখংবদা য়াহিপর্পা
লাংবন তৌম্না তৌরিকলাইবু
ইমু মচেং খোম্না থবী শেঙ্গোইরেন অপানবদা
সনা তোম্নৌ হুনবা
তাইবং থরাই অপকমা
পুন্নমক লাংবন কাওরেন যঙ্কেনবগুম
অপোক লাইহুহ নোংদম্বা
নমু পোংশেনবা
থরায় মীপোকপা লাইনিংথোও
খোযুম সনা নখোংদা
থম্বাল লৈকা মানবদা
লৌশিং নাররা শৈদমপান
পায়মা শিল্লেরোম্বনা
চরৈ ঙক্কেয়েৎ ইয়া নাপী চিক্ক
লরাই শমদোন ফোয়
থূবাক চাংজৌ চেপ্ন লোম্ন
হম্না হম্না পুনেমজরিয়ে লাইনিংথৌ।

—মম্নাংলম্বম তোম্বা মৈতৈ—

# -অকোঙবগী ৱারোল-

"ককচিং খুম্বোকলোন্" হায়বা পুম্না অসি পুম্না মরীনা শাবনি। ফোঙলিবা লাইরিক অসিগী মথাদা নত্রগা মরক্তা ককচিং খুম্বোকলোন শাগৎপদা চঙবা পুম্না কয়ামম্থ লৈহৌরি হায়না ওঝাসিনা তাকপী। পুথোকলিবা অসিদি ওঝাশিংনা থম্মীরম্বদা মকোক্তা ককচিং খুম্বোকলোন হায়না থারগা মথাদা চপচাবা পুম্না মমিংদি তোখায়না ইরমত্রবা অমগা পুম্না মথাগীশিং অসিনি —

১। ককচিং খুম্বোকলোন
২। লৈফুরেন চম্মু লৈকক লৈয়াইরেন
৩। খা নোংপোক শুংদাই মনিংথৌ
৪। কংলৈ পুংময়োল অয়াং চিংলাই তাইবং।

পুম্না মরী অসিগী মম্মুংদা "কংলৈ পুংময়োল অয়াং চিংলাই তাইবং" হায়বা অসিমতুং নত্তনা অতৈ মথক্কী পুম্না অহুম অসি অমু লাইশংবা মাইবদগী পুগ্রম্বম শরিক মাইবনা ফংহৌবনি, পুগ্রম্বম শরিক মাইবদগী অমুক পুগ্রম্বম ইবোহল (খ্বাইনা ইবোহল শমশাংবা হায়না খঙনবা) ওঝা অসিনা ফংহৌবনি; ওঝা ইবোহল অহিং মুংথিল থানদনা ওঝা তোম্বা মাইবসিগা লাইগী থৌগল তৌদুনা খিজিনমিন্নরকই।

অদুগা মরীশুবা পূ্যা অসিনা নহারাকপা থোকচোম খুনবী-তাবদগী ফংহৌই। নহারাকপা, ওঝা তোম্বগী মুপী মরীদা মপু থোকই। মপু নহারাকপনা খুপত্রবদা লাই ওইত্রবা নহারাকপগী অহল ওইরবা যুমদু শিদোকপা মতমদা য়ামনা মম্না ফমুং শগায় ফমথক্তা লুবাকমুংদা ফিনা য়োমদুনা মতং মতং তংনা লৈরম্মী। মদুস্ত ওঝা ইবোহলদা পীশিনখি। লাইগী নোংদম থীবদগী ওঝা ইবোহল নোঙ্গাগ্রে। মতম অদুদা ওঝা তোম্বা ঙাওদুনা চেল্লে। মসিগী মরম দ —

ওঝা তোম্বনা লীবী মদুদি মহাক অসি ইং ১৯৫১-৫২ দগী লাইগী থৌগল তৌরকই। মতম অদুদা ওঝা অসি লাই তোংমনত্রদুনা লৌবুক্তা, ইখোন্দা, লম্বীদা অমসুং চীংদা মান্দ ফাওবা ঙাওরে। মদুদগীদি ওঝা অসি কাম্থ যুবান থাবগা অতংপা লৈতনা লাই তাংনদুনা হাকথং লাইথাং, থৌগল লাইথা পায়দুনা হরাওবা থৌগল চংপা হৌজরকই। অম্বমনা ইবুধৌনা কুবিদুনা পুশিনবীরকপা ওঝা অসি মৈতৈ ময়েক্তি চংহৌদে। অদুনা ওঝা ইবোহল লৈখিদ্রবদা ওঝা তোম্বা য়েংকী শয়েং তেকপা বায়বদু ওইরে।

ওঝা তোম্বনা মৈতৈ ময়েক নীংথিনা হৈবা ওঝা নাওরেম সাগর পঞ্জিদা ওঝা ইবোহলদগী লৌশিঙ্গহৌবা পূ্যা পুমনমক পুদুনা ইং ১৯৫৩ দা চঙর্জখি। ওঝা সাগরনা মতং মতং তংলবা অরিবা চেদংশিং অদু মথং মথং শমজিল্লদুনা,

য়ামনা ৱানা মতম য়ামনা চঙনা, মাগী আনোক অদুনা মুৎশি মুংশি তৌরবা ময়েকশিং অদু চেদৎ অমগা অমগা তাইশিন্নদুনা শাগৎপীখি। ওঝা তোম্বনা হান্নদা চিনফা লোইনা প্রবা ওইবনা শাগৎপদুদা মতেং কন্না পাংশিনখি। শিন্দোকপা লোইরগা চেদৎশিং অদু অমুক হন্না থম্বা য়াররোই, খোঙনা খুৎনা শোকউগনি হায়না তাকপীরে। অহুমনা তাকপীবদগী পুয়াশিং অদু ওঝানা যক্ক তৌথোকপীখি।

চহি কুনহুমদোইগী তুংসিদা ঐনা ওঝা মাইবা ময়াংলম্বম তোম্বদা পুযাশিং অসি ফোঙদোকচরগে হায়জকই। মতুদা হরাও হরাও য়াবীরকপদগী ফোঙদোকচৈ। পুয়াশিং অসিদা ককচিংগী অকুবা ৱা নীংথিনা য়াওরে নীংজৈ।

ফোঙজরিবা ঐনা বানান খুসী তৌজৈ। ব, দ, গ, জ নচিংবা, ইকার, ঈকার, উকার, ঊকার নচিংবা পুম্নমক খুসী তৌজৈ। চৈথৈনচিংবা খর হাপচিজৈ, লোইনা হাপপস্থ তৌজদে। পুয়াশিং অদুদি চৈথৈ কোমা অমত্তা নাইরমদে। পুয়াশিং অসি ফোঙন-বা ঐনা অহিং মুংথিল নাইদনা তানজবনা শ্রীময়াংলম্বম তোম্বা, শ্রীয়েঙ্গ্রেম্বম নীলসিংহ, শ্রীপুথ্রম্বম ভরতনি। ওয়াশিং অসিনা পুয়া মরী অসিগী মথং মনাও শীনবদা তেংবাংবীখি। মুন্না য়েংশিল্লুরগা পুয়াশিং অসি লোইশিন্দযা, চেনা মাঙখিবা, ৱাহৈ কাম্থোকপা কয়া য়াওরিমাল্লি নীংজৈ।

ইথোকপা লোইরগা পাত্তুনা তাবীখিবা অমস্তুং রাখল থাংদোকপীবনা শ্রীক্ষেত্রিময়ুম তোম্বাও সিংহ অমস্তুং শ্রীয়েঙ্খোম নীলমনি ওঝা অনী অসিনি। শ্রীমোইরাংথেম প্রেমানন্দ সিংহস্তু থিজিনবদা থরায় য়াওবা ওইনা অহিং মুংথিল নাইদনা ওঝা-শিংগী নাক্ত ফমদুনা তানবদা থৌদাং যাওবী।

অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা পুয়াশিং অসিবু ফোংদোকপদা য়াবীরকপা। ওঝা ময়াংলম্বম তোম্বা অমস্তুং তেংবাংবীবা ওঝা পুম্নমকপু ঐনা নোলুকচৈ।

ফোঙজরিবা—

তাং ২ | ৫ | ৭৬ ইং, ককচিং

শ্রীকুঞ্জো সিংহ

# ককচিং খুম্বোক্লোন্

ককচিং উমং লাই খম্নাংবা ইবুধৌনা খুনশেম লৈশেম-লগে হায়দুনা সনা লমজৈ যেৎনা পায়, লুপা লমজৈ ওইনা পায়দুনা মরমলেনবু শেমখিযে কাযাৎ ৯ তুখুপ ৩ কাইখোং ৭ যেক্তুনা যুমজাউ কা ৯ পুথোকখিয়ে মকম অদুবু লাইসং-কোন য়ুমজাউ কা ৯ য়ুমলেপ সংগোই কায়াৎ ৯ হাযনা থমখিয়ে মতাং অসি য়াংলৌ খনবা খোইমোম য়ুমজাউ লৈমা হায়না খঙনবি। লমলেন অসিবু কংলাপুং পুংময়োল কৌএ চক অমদা থমলগা থাংজিংকোন কংলা খোংখোন ঈরিক শৌবী লাইরেন ঈতিংফম কোঙ্গোই শাযুপফম পাখংবা ঙাগ্রুম অঙৌবা খুনথোকফম য়াকাফম হায়না থমএ।

চক অমদনা ককচিং অপানবা লাইনা মথি ফোংনা ঈরিন মরিন কাদুনা উরাচিং শেংদোইচিং মতোন্দ থেংগো চোংনা শামৈএ, ঈরিক কোঙ্গোল তাখিয়ে মপুনা শাম্নবা

লাংওন অদু মাঙবা য়াদবনা লাইগী মখোয়দগী শেংনা খুনফাও-রকই হায়দুনা শেংমাই লাই ঈরোকখৈবা কৌয়ে।

ককচিংনা লাংওন্দুনা থোৌবান্দা খুন তাইয়ে মফম অদুবু চোংজিং কৌএ ঈরৈমা লাইরেম্ম অসিগী মিংথৈবু থৌবুবা মশা হায়না থোল্লে থৌবুবা লাই কৌএ ককচিং অরিবা খুন্থোং ঙাকপা লৈখিয়ে অসিবু খুল্লিংবা কৌএ।

থৌবুবা লাইনা লাংওল্লে লাইগী খোঙচৎ ইয়া ঈকম লাই তুবী কোকনি লোঙবা হায়না লৈখিয়ে।

ককচিং লাইনা লাংওন শাম্নখি অসিবু উরিপোক খুন্দাবা কৌএ লাইরেম্বীগী মিংথৈনা খুরক লৈমা উৎলিপোং কৌএ খয়াংবা খুন্দাবা কৌএ।

চক অমদা লাংওন ওইখি। নোংখোঙ কোয়বা হলরাই-রক্কনা মরমলেন পুংময়োন্দা লৈখি অদু নোংগীবু অমরক শম্বুরকক্কনা লাংলোন শাম্নে।

ককচিং লাইনা ঈরৈমা ইমাগী শিয়োমদা পুকমুংদা চঙদুনা লাংওন ওইখি ঈরৈমা ইমাগী লরাইদগী খোয়রি খৌ-রাম্না থোকখি কাংছ লেংথোং পায়দুনা পাইখি কোরৌ ইপা হায়না খিখি খোয়রি ফাবা অসি ককচিং লাই সনাময়িগী লাংওননি কোরৌ সোয়ারেনদি মুংবন থিংদুনা লৈ খোয়ুম

লাইগা লোয়ননা লৈএ লাইথোকক্ষম মুঙ্গায়পন কৌএ হায়-
রিবা লমলেন অসি লাইনিংথৌ সনামহিগী খুবম অশংবনি
অসিবু তাইবংগী কুমদমবুং কৌই ।

ককচিং সোরারেন খয়াংবা মহিরেল ঈশিং চাইবা
হায়মা লৈএ ।

ককচিংবু চৌংউ কৌএ সোরারেনবু খোয়ুম কৌএ খয়াংববু
য়াইবীরেন কৌএ মহিরেনবু তরং লাইজ ঈপোকপা কৌএ
ঈশিং চাইবীবু লিন্দাও তাওবী কৌএ ।



# লৈফুরেন চনু
# লৈকক-লৈয়াইরেন।

**( সো শিদবা ককচিং পুকোক অহৌবা )**

হৈই চকঙৈদা গুরু শিদবা ইমানা নমু তাইবং শেমলগে হায়ডুনা লাংওন অমা শান্নখি পলেম ইমানা মশাদগী মমোম ফজরবী অমা পুথোকখি। পুথোকখিবা মমোম চনু আসগী মিংলেনবু থোংনাং ঈশিং চাইবী হায়না কৌএ। লৈফুরেনবীনা মোমনু ইবেম্মা তাইবংগী মমা ওইয়ু হায়না থৌশিনবীরে। থোংনাং চনু মচানা হোয়াখি। পলেম মমাদা রাহংখি। নমোমবু তাইবং চারাগী মমা ওইযু হায়না শিন্থা পীবীরবদি নমোমগী অরেপ্পদি কনানো হায়না রাহংখি। পলেম মমানা চুমই হায়না পাউখুমখি। পলেম মমানা গুরু শিদববু কৌজখি। গুরুনা করি নোংগী খোঞ্জেল রাংনা কৌবদি, নঙনা নীংবা থুংত্রব্রা হায়না রাহংখি। পলেম মমা লৈফুরেনবীনা ইমোম ইচাবু তাইবং লিক্লম চারা মমা ওইয়ু হায়না থৌশিল্লুরে। ইমোম ইচানা ঈদি কনানো হায়না পাউহংলে।

অতিয়া গুরু শিদবনা চুমই পেম্মা হায়না লাংওন অমা পুথোকখি। গুরুনা চিরেন তরেৎ পুথোকই চিরেন তরেৎপু চিংনদনা ককখি। গুরুগী মাঙদা চিরেন তরেৎনা রাহংখি। হে, পম্মৌ গুরু শিদবা নচা ঐখোয়বু থোদা পীবীয়ু শিন্তাক শিন্দম তাকপীয়ু। হে, পারী চিরেন তাইবংগী মপা ওইয়ু হাযনা থোদা পীবীরে। মপাগী য়াথংবু লৌদুনা মচা ইবুংঙোনা হোয়ারে। অতিয়া গুরু শিদবনা মপারী অহনগী কোলোয় শৈহৌবীরে। ইপানা চিংনদনা কোকলেন চিরেনবু কক্তুনা লাংওনখি হায়দুনা লমলেন অসিবু চাদোন শুদোন ফাওবা খঙবা ওইরসনু পারী অহন। চিংনদনা ককই ককচিং হায়না লমলেন অসিবু খঙবা ওইরসনু পারীহন ইচাদি (১) ককচিং হায়বা কোলোয়না তাইবং সলাই তরেৎ খায়হৌরো (২) সোবারেন (৩) লৈমুং লোলা অবিবা (৪) য়োৎশা মুরিবা (৫) পোংলেনহনবা (৬) পোইবৈতোন (৭) তাইবং লাই খুম্মোক অরিবা ওইয়ু পারীহন।

ইমোম ইবেম্মা নঙসু তাইবংগী মমা ওইয়ু। হযেং চাদোন শুদোন ফাওবা লমলেন অসিবু নঙগী লাংওনফম শেংনা খঙবা ওইরসনু। হি-য়াই থোকফম পোইরৈ সনা পুংদা লাংওন কুম্মৈ ওইরো। শেংনা শান্নবা লমলেন অসিবু শেংখোঙ হায়না খঙবা ওইরসনু। পেম্মা নঙগী লাংওনতনা তাইবংগী হরাও কুম্মৈ ওইরসনু।

লৈঙাংপোক লৈকিন্থ লমলেন লমনুংশি খেমতোংচিং ময়াং মীতমথেন তখেম খেমতোমচিং ৱায়েন থৌদু নুংপাকথক্তা থাংলেন পাদম লৌনচিং ময়াং কশা অরিবনা কাদেংগী য়োং- নিং তেক্রগা কাদেংগী য়োংনিং শমলিবা থাংলেন মপান তারগা থাংলেন মপান তোপলিবা চিংউ চখা অরিবনা লাংলোন হুমোই- ননা চিংউ ওংজা মপারি লাংগোই শায়াং থক্তা পাইখিগনি তাখিগনি হায়দুনা মখুৎ মশা থেকনা ৱারক থৌকাও তম্মীরকপা লাইনিংথৌ।

মুবি শলাই লোক চাহাও লৌঙাকথেন তাংকং ঈচিন- লোক হুলি হুলাচিং ককচিং কপাকচিং থৌদু মুংয়েথেন লমনুংশি সনা হৈয়াই লোক্তগী ভুবি ময়েক লানা মৈপুন হৈজাও থান্না খুনফাওরকপা লাইনিংথৌ।

পোইরৈ সনা পুংদা লাংলোন কুম্মৈ হরাওবা হৌদোকপদি নোয়বদি ফিথুপ অহুম্না নোয়— "ঈশৈদি লৈনুং উচি য়াচিকপা খরুং পোনতেং খরাওবা ৱাকোন উমং লেম্নপুং পানথোইবী ৱাকোন কবয়েন খুজিন চু চু সলম হৈচাং নমপোনবী শানা চাগম্নু পচেং নথৌ তুমগনি লাই খুবাক য়ৈনসি উমং ৱামং শমনসি অঙাং মক থাবসি" হায়না লাই হরাওনা চোংনা চোংনা শামৈ শান্নবা লোইরগা চকপা ঈশৈ হৈকসে গুরু মখোঙ শ্যাসে হায়না হরাওনা শামৈ শেংনা শান্নবা মফম অদুবু শেংখোঙ হায়না খঙনবা ওইরসম্নু পাম্বোইবী ৱাকোন নৌইসি

মনোয়সি শেংতাং কাগুপ য়া নোংথৌ য়েনবী চাগনু নমু চোংগনি হায়না পাউশাবী।

লাই হরাওবা হায়বা অসি নমু তাইবংগী মিন্দম শিন্তাক ওইখি লাই হরাওবগী শৈথারোল চকপা পাউথেম ঈশৈ ৱাকোন খোইচু তোলোপ চিনবা মহৌ ফাইবোক চিং য়ারৌ-শা খোইরি কোনজন শাহৌবা সতু হৌবা লম মুংখুংবী কোনচন লাইখরাওবী লাইথুং পুং চকপা হৈক্রু মখাদা খোংনাং হৈগ্রেং মখোঙদা চযোম যুখোম চামিন্নরে। খুজেং ৱাশক মুংশি পাউখুম পীনরে।

ৱাকোল্লা নোয়বা খুৎনোয়দি খুনচাউনবা নোয়বনি। ৱাহোংনা নোয়বা মনোয়দি কংলৈ মরা তানবা নোয়বনি। ৱাইমুনা নোযবদি নমু মীকোক চাউনবা নোয়বনি। সোৱারেনগী লৈবাক্তা নোয়বদি পুনশি মুংশাংনবা নোয়বনি। চোরোৎ লাংখোংখাদা কাওরেন শঙ্গোম থম্নবা নোয়বনি। পোইরৈ কংলৈ শুমাংদা নোয়বদি মহৈ মখোং,চুম্নবা নোয়বনি। লাইবুংখাদা নোয়বদি ফৌগৈ থম্ননবা নোয়বনি। শয়া শয়া নকেদা হোই হোই হরাওসে।

অসিগী মতুং লেংনা শমথৱকপড়না তাইবংনা লাই হরাওবা হৌখি অসিবু নমু তাইবংগী চৎনরম লাইরমলেন হায়না খঙনরি। চহিগী কুম লাংদাইদা লাই হরাওবা হৌখি। তাইবং মীনা হরাওবা মতম অসিদা পানবা নিংথৌ ইবুথৌ খুনচানবা

# কুকচিং খুঙ্গোকলোন্

হাকক্রা হৌসোকখি। অদুদা লৈরম্বা কোনম মাইবা কোন্দেং লাকথং কৌবা মাইবা অসি য়াম্না খঙবা মাইবনি। মহাকনা চাখোন হুদোন ফাওবা খঙনবা হায়দুনা মশীং শুনা তাকপী-রম্মী। মতম অদুদা মাইবী শেকনিং লাংনৌ তাবী হায়না চংনরম্মী। মাইবীনা লাই ঈকৌবা লাইচিংবা হায়না মখুত্তা লৈ মপোপ অহুম চপই মখুৎ অমনা শদিক নোংথৈ পায়না অউপ ৩ লক অরোংবা ৩ লক অসিনা মক ওইনা থমলম্মী। অদুগী মতুংদা ফিঙৌ লাইহৌবা হায়না খংনখি।

মতম অদুদা পেনা হঞ্জবা পেনাগী লাইরোন খঙবা গুরু অমা লৈরম্মী মাগী মমিংবু কোনদ্রেং পেনা খোংবা হায়না খঙনরম্মী। মহাক্না পেনাগী লিরোন শনথরম্মী মাগী মরূওইবা লাইরোন্দি রে রে রি হাযবা অনিনা লাইগী লাইরোন্নি হায়না তম্বীরম্মী। লাইহৌবনা পেনানা হান্না হৌগনি লাইরোন্দি হোইরৌ ৩লক হল্লি মথংদা নপ নবুং লাইউমং খরাওবা নুংজিং মতোন্দা শেংনা লাইজ ঈহৌবদি হম্মি চকথৈদা গুরুনা লৈখুন কাংখি হায়দুনা লাইখুন খারাওবা নমু তাইবংগী থোঙলেন্নি।

পেনা থেংগৌ লিরোল শক্রুনা ঈশৈ চিংগনি। ঈশৈ লিরোন্দি থেংগৌ চিবাক রাইনসে তিং মক রাইনসে লাইক চথাং রাইনসে লিরোন কিশি শক্সসি লাংথ থুরাক খুরুসি ময়ানসি লিরোন্নি। মতম অসিদা নুপা নুপী পাউশা ঈশৈ শক্ৰনি খুবাক খুগনি।

অসি লোইরগা মাইবীনা চুপখোং নোয়গনি লাই স্নুপা, লাই স্নুপী অনীনা তিং মরু থাগনি লোইরগা নাওকম নাংঙ্গোম শাগনি অসি লোইরগা স্নুপী ফুরুপ স্নুপা ফুরুপ খ্যায়না লাইগী মমাংদা থেংগৌ তুযুপ খুংথেক ৩ শাগনি লোইরগা মাইবী মাইবনা লাই হরাওবগী থৌনিরোল শক্কনি। পূং পেনা, শরিকনা থৌগল তৌগনি।

হোইরৌ হোইরৌ হোইরৌ নকেদা হায়না পেনা থেংগৌ লৈশেম খুংথেক অহুম খোংগনি নুমিৎ লিরোল শক্কনি লাংপূম ঈশৈ শক্কনি থেংগৌ য়ৈগনি পূংগী মরোন্দি থম থম থমচোং থম থমচোং থম হাযনা স্নুমিৎ লিরোল থেংগৌ য়ৈগনি। হায়রিবা অসিনা হৌগনি।

লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনীনা লিরোল থেংগৌ চোংবদা মৈ ঈশিং নুংশিৎ পুথোকই। মৈনা মৈগী থমফমদা থমগনি ঈশিংনা ঈশিংগী থমফমদ। থমগনি নুংশিৎনা নুংশিৎকী থমফমদা থমগনি গুরু অনী য়ানৈ হায়দুনা স্নাফম কৌই গুরু অনীনা অমুক লিরোল থেংগৌ চোংই অমুক খোংলম অহুম শেমই থমই। গুরুখোং কৌই খোং ৩গী মম্মিং ঈরিখোং, থাওজুখোং, মরু খোং হায়না য়ান্দুনা থমই চনিং যাক্ষম কৌই। অমুক নুমিৎ লিরোল চোংই মায়কৈ ঙাকপা লাই ৪ পুথোকই মমিংনা চুকশেল লিরি-তেন হায়না কৌই। অমুক গুরু অনীনা থেংগৌ চিবাক লেংনৈ লাই অনী পুথোকই থমফমদা থমই

হায়দুনা থমোই লকা হায়না কৌই লাই অনীগী মমিংনা নোংথৈ কাগুপ কৌই অমুক লিকখোং লিকলাখোং শেমই লোইরগা নতোংচিং শেমলৈ অমুক লোইরগা লাইপান থেংলৌ শেমই অমুক লোইরগা মিংকোন থোঙ শেমই অমুক লোইরগা লরাই শমদোন ঈকলোক শেমই শন্গোম্ ইকথমগে লুখম শেমলে।

চিংঙউ খোইয়ুম লাইনিংথৌ
পাখংবা কোঞ্জিন ভুথ্পপা
মহৌ ফাইবোক চিংতোম্পোক
কাগুপ চিংদি চিংনুংশি
তাইবং নারা নাওথেমচিং
তাইবং পূরৗং ফংনচিং
সতুনা তেকতাক হৌবা লম্
শিংগ্রেংনা মপান শারেদা
নপনবুংগী ময়ায়দা
সিনৌনা ময়াই কারেদা
ইফুৎ চিংজুম থোকইবা
লাইনিংথৌনা হুৎপা লাইখুন্নি
লাইখুন ঈরেন অহৌবা
থৌদু ঈগী ঈরিন্নি
ফুমনোম্বীগী লমদমদা
লাই খাবাকপী খুবমনি
নুংয়ুংবীগী লময়াইদা
নুংশেংবীগী লমদমদা
য়ারৌ শাফারসিদো
শাথ্পহৈবী শাথিনসি
নুংশি নুংওম্নরেদো
শাগী শাযাম লাংথ্রে
য়ুখোম চয়োম চামিন্নৈ
লাইনিংথৌ পূরৗং লিচুংলে
লাইরেম্বীদি ইবেম্মা
শিস্তাক শিন্দম্নরেদা
থেংকৌ চিবাক থেংনসি
লাইনিংথৌদি ইবুংঙো
তাইবং মরু থারসি
চিরেন কাগুপ য়ৈনসি
লাইনিংথৌ লিরোন হুন্নসি
লাইগী চায়া হুন্নসি

নুমিৎ লিবোল থারসি পরিং লাংশং থারসি
ইবুধৌবু হরাওসি উকাক মায়থোং য়াল্লসি।

মথংদা নিপা ফুকপ নুপী ফুকপ অনী থোক্লা থায়রগা নোয়গনি। নিপা ফুকপনা থেংগৌ চোংগনি। নুপী ফুকপনা লৈশেমগনি মতাং অসি লাই হরাওবগী চাদ নাউদ ওইবা মাদনি।

ব্রাকোম্না নোয়সে মনোয়সে ব্রাকোন মনোয়সে
ব্রাংনুনা শাসি মশাসি ব্রাইনু মশাসে
ব্রাহোংনা থেকসে মথেকসে ব্রাহোং মথেকসে

লৈনুং উচি মৈরোম্বী সেনদাই লাকই ব্রা
লৈনুং থারৌ থাপাকপী নথৌ পুজো য়া
পাখংবা ঙাপ্রেং অনানবা পরম নথৌ লোমমুদা
লিকোল থরোই অচঙবা মীক থেংনা চিকউসি।

লাই নিপানা অসি হায়রগা থেংগৌ নীং মাঙ চোংগনি লোইরগা লাইরোন ঈশৈ শকনি।

ঈশৈশ্লি—

ব্রারক হৈচাং নমপোনপী
লম পাম্ন খোঙশাংবী

নবুং শায়বা পেন্দেদা
শগোল তোংবা কাইরম্বা
নবুং তোংবা পেন্দেদা
ননীং য়েংনা খুবাকখু
নতুং য়েংনা খুবাকখু

মতম অসিদা মাইবা মাইবীনা লাইগী লিরোল চোংনা চোংনা শকনি।

ঈশৈদি —

শি শি কাওনসি
লাইনিংথৌ লাইরেম্বী কাওনসি
লাই পেকক চাসিললু
লুখোই থকপ নমমুসি
নিংথৌ য়েনবী চাগন্নু
লাই উকা য়ুগনি
শংগ্রেং নাগ্রেং চাকসি
লাইগী শিংজু শুকসি
মুংগী পাদম নম্বু
কনানবুদি চাগবা

অসি হায়না চোংগনি লোইরগা লাই মুপা লাই মুপী অনীগী ফীবুন চুংখোং নোয়গনি।

ঈশৈশদি -

থেং থেং থেংনরে

লাইনিংথৌ লাইরেম্বী থেংনরে

থেংনরে। হায়না শক্কনি থাংনা থৌগল তৌগনি।

অসি লোইবগা ইন্দ্রিগী ফম্বাল তুথুপ (৩) কয়াৎ (৯) শাগনি চুংখোং (৪) যুংগনি মথক্তা থাকন খনগনি অসিবু ইন্দ্রি শাগৎপা কৌই কায়হৈতে শোয়হৈতে অসিবু ইন্দ্রি খয়োম য়োম্বনি লাংবুমনি। লাংবুম হায়বদি অসিনি।

তাইবংগী লিথুপনি মনুংগী করাং অঙাং নাৱা লাইযুম লেপপা কৌই। নাওফমনা মথক্তা লৈ মখাদা খোয়রিনা লৈ অসিবু লৈথক লৈখা কৌই লৈরোন নোংলোন হায়নস্থ কৌনৈ। মরম অদুনা খোয়রিনা ইমানি নাওফমনা ইপানি ঈশিং পুবদি খোয়রিনি মুংশিৎ, মৈ পুবদি নাওফমনি নাওয়োমনা অঙ্গো নাৱানি অসিবু নথাং অহুম কৌনৈ।

# খয়োম থাবগী বা

মাইবা মাইবীনা খয়োম থাবা অসি লাই কনাদা পিজবনো হায়নরি। মরম অসিনা ঈশিংদা খয়োম থাবদি ঈশিংনা ইন্দ্রিনি থরাইনা মৈনি নুংশিৎনা মপুনি মপু লৈ হায়বগী থরাই হায়বনি। থরায় লৈ হায়বগী ইন্দ্রি কোবনি। হায়রিবা অহুম অসিদি কোয়ৌদস্ু লৈ। ঈশিংদস্ু লৈ অদুগা মযায় অহাংবদস্ু লৈ হায়বগী থমফমদা থমবনি তাইবং অসি লৈত্রবদি লাইস্ু লৈরোই মৈস্ু ঈশিংস্ু নুংশিৎস্ু লৈরোই কনাস্ু লৈরোই।

লাই ঈকুম ঈতাবদা ঈকোবা কোবা হোবা অসিদা মাইবনা লৈয়োম লৈপূন পায়না পায়না ঈশিং পুংদা। কুমহুনা লাইথেম্বা নাওথেম্বা লাই কৌখৎপা হায়না চৎনরিবা অসি মথক্তা হায়খ্রিবা অসিনি। ইন্দ্রি খয়োম লাকপনি লৈয়োমনা থরায়নি লৈপুন্না মপুনি হায়রিবা পুম্নমক অসি তাইবংগী মশাদা লোইনা থোকই অসিনা ঈশিংদস্ু লাই লৈ মালেমদস্ু লৈ মফম খুদিংমক্তা লৈ অসিবু লাই কুমনোহোবা কৌই।

কংফান্দা থৌরম অমা পাঙথোকইবা অসিনা পুকয়ু রাইযু উতোং ৭ না ঈরম তরেৎকী মশকনি লৈরম তরেৎনা ইঙাথোং ৭ কী মশকনি মায়গৈ ৪ তাইবনা ইন্দ্রি ফানথোং, খোয়দৌবু খুকস্থনি হায়বদি চুপথোং ৪ বু হায়বনি চুপথোং হায়বদি লাই পুববু হায়বনি হায়রিবা পূম্নমক অসি মপুগী ঙাক্তনি।

লাই শরোই ৬১ অথম লোই লাই মুরা ৭ হায়বসি মিহুন ১০৮ গী মশকনি মিহুন মিহুন অতুগী মতুং ইন্না মমিং থোনবনি লাংওন শান্নবনি অসিনা লোইরে।

# "কৈশোজিংলোন"

হুং হুং হুং হেরিলে হেরিলে
হা হা হা হোই হোই হোই

হুং শিদবা—

তমফা সনা ইবেম্মা সনা তোম্বিংখোৈ
লাইজ ঈরোন পূংদগী ঈহৌবসি
সনা লৈহিং তমফা য়াই
কোয়ৌ লৈহিং পৃথিবী
ইমুং কাযাত্তা য়াতাবী
ঈরম তরেৎ পৃথিবী
থোঙজাও কাযাৎ হাংবীনি
লয়াই শমদোন শাৎপীনি
নাওয়োক নোংদম ওইবীনি
খোয়রি কাগুপ পীবিনি
শয়িক মনিন কাংবীনি
পেনা কোনফৃ ওইবীনি
শয়িকনা লৈকা হুনবীনি
হুয়েল লাঞ্জং শাফবী
তমফা য়াই শিদবী ইমানি

চিংম্না তময়া কোয়চুনা
তাইবং চরিক হুল্লিবা
অহিং লিক্লা কংদবী
নশাই কোনবু চাকতম্বী
সনা কৈথেন নিংথৌবা
থৌদ্র নুংপাক ঙায়েনবা
ইম্মুং কোনফৃ হুল্লিবা
তাইবং লাকয়েন তাইবিবী
কিশি লৌথুপ থাবিবী
লিক্লাং কোঙ্গোই শিরিবী
তাইবং খুম্মোক ইমানি
খুনজাম চম্মু ওইবীনি
হৈয়েন চিরোং থাবীনি
চিংম্মুং লৈমা পামশাবী
ঈরিক লৈমা থৌপুবী
ম্মুংশিৎ লৈমা অয়াঙবী
নোংপোক লৈমা ঙাম্মোইবী
তাইবং ঈচিক থোমলিবী
চোইনৌ সনা থাবীনি
মালেম খোঙশেৎনরিবী
ম্মুমিৎ লৈমা ঙাম্মোইবী

তাইবং খুম্বোক ইমানি
নাওযোক নাওকোন ফবীনি
খুন্দা লৈতা হাম্লিবী
চরৈ ফিরুপ খুম্বীনি
নাওয়োক নাওকোল ফবীনি
অরাই অচান নাইদবী
পুন্নীং ফাবী লাইকনি
নুংশা শাদনা ফৌগংবী
লিক্লা তাদনা শাইচোৎপী
লাংলোন হৈবী ইমানি ?
পাম্বা কৈদা শাদোংবী
পোম্বী লমখুম্নু লাংওনবী
ঈকম ঈচিন থাবীনি
পোম্বী চেক্লা মথিক থাবীনি
তাইবং পোকপী ইমানি
খোয়াং ইনবী ইমানি
য়ুমলেপ চার থম্বীনি
য়াংম্নু চম্নু কৌবী ইমানি
হি-য়াই পুবীনি।
লাংলোন কৌবী ইমানি
চীংদা লৈয়ে পাম্বোইবী

তমদা লৈরে ইম্মানি
মৈতৈ পোকপী ইমানি
হিরৈমা কৌবী ইমানি
য়াইরৈমা কৌবী পলেমনি
সুংজু সুংশা খায়দমা লাংওনবী
পলেম ইমা ইবেম্মা
লাংওন হৈবী ইমানি
সুংদাং ঙম্মা কোনজনবী
অয়ুক ঙম্মা কোনথাবী
থোংনাং চম্মু ওইবীনি
শিস্তাক শিন্দম ওইবীনি
অল্লাংপদা তমলিবী
পীজ পীথক ফবী ইমানি
লশিং লৈকা শেংলিবী
তাইবং নাওয়োম ওইবীনি '

---

# খা নোংপোক শুংদাই মনিংথৌ

( মৈরম লুচিংবা অতিয়া গুরু শিদবা )।

লাইজিং নিংথৌ চেংছানা লাই ওইখ্রবা মতুংদা নোংদম অহন্না লৈথমলেনবী পান্নদুনা খা কংলা পুংময়োন্দা থুভম লেপ্তুনা চহি মুংশাংনা পাল্লকলে। মতম অদুদা মচা নোংদম্বা পোক্তুনা তাইবং মীরেপ চার শনথবা হৌদুনা চহি মুংশাংনা পাল্লয়গা লাই ওইনা লৈখি। মমিং খা কংলৈ গুরু সনা তোন্‌নিংথৌ কৌদুনা লৈখ্রে। লাইশিদবা অহুমকী মিংথৈরোন মফম ওইনখ্রে।

লাংলোন অমদা থুপখ্রবা মতুংদা চিংমুংলৈমা পান্ন-দুনা থমফমদা মচা পুকমলেন মৈয়াং লুচিংবা পোক্তুনা কংলৈপুং কৌবা লৈবাক্তা চহি মুংশাংনা পানখি। মতুং অদুদা লাই ওইনা লম পুদুনা মমিং সোহং কৌনা লৈখি।

লাই ওইখিবা মতুংদা গুরুনা হৌবী লৈমা পান্নদুনা চহি মুংশাংনা পাল্লকলে। মতম অদুদা মচা পুরুমলেন মন্নাং পোক্লগা লাইনা য়েক্লবা লৈতনা মুংঙাইনা পাল্লে। খালাই

নিংথৌশিংবু মপাম্মোম মথা থানা থমদুনা পুকমলেন_মম্মাং ভম্বগা লিরি খোংজিনদুনা হায়বদি তিম্নদুনা লোয়নদুনা পুংময়োন থুদিংদা কোয়না চত্তুনা মনীং মথা ভম্না নোংপোক খা শুংদাইদা মমিং থম্নাংবা হায়না লৈখি। সনা হৈদ্দিং পাখংবা থমলাংবা খোংদাই ৩ অম্নপপা তুবি ৭ পু হিঙমবা লাবা থিয়াং থোকনা থেন্দম্বা তুবি চাগোক পূমনমকপ লাংবন কাও- রেন পোনশেনবগুম পোনশেনবা সনা কোনক মনিক কৌদুনা লমলেন লমঙাকখি।

হয়ি চক্কী চক্কা লাই ওইনা লৈগ্রবা মতুংদা মচা হৈরাওবনা পিশিম্ন পাম্নদুনা থুবম লেপলে চহি মতম কুইনা পাল্লবা অদুদা মচা নিংথৌ হৈরোংলেন নুংজুম্ববু পোক্তুনা থাংহি ঙাঙোই মায়গৈ অশোমগী তাইবং মীরেপ চারা শম্নখি। মানা চহি মুংশাংনা থোয়াং তোঙমনা তাইবং শনথনা পানখি।

লাইজিং নিংথৌ চেংঙানা লাই ওইগ্রবা মতুংদা নোংদম গুকনা লৈথমলেনবী পাম্নদুনা খা কংলা পুংময়োন্দা থুভম লেপতুনা চহি মুংশাংনা পাল্লকলে। মতম অদুদা থম্ফমদা মচা নোংদম্বা পোক্তুনা তাইবং মীরেপ চারা শনথদুনা চহি মুংশাংনা পাল্লগা লাই ওইনা লৈখি। মমিং খা কংলৈ গুক সনা থম সনা হুং সিদবা রিং রিং রিং হুং সিদবা হায়না কৌদুনা লৈগ্রে। মতুংদা কংলৈ অমনা সেকমাই ঈচিন সনা কংলা ওইদুনা লাই শিদবা অহুম্মকী মিংথৈরোন মফম ওইহনুগ্রে।

হয়িচক হায়বা চক অসিদা শান্নবা লিলা লোমদম সনা গুরু শিদবনা নোংথৌথক্লা লাংওন লিলা বা তানব চককী লাকয়েন ওইদুনা ঈংনা লাংওম শান্নখি।

গুরু শিদবনা হাওমু লৈমা পান্নদুনা, চাকাওলোক্ত মতম কুইনা লৈদুনা য়োৎ পুথোকপা কৌখি হায়দুনা মফম অদুবু য়োৎশাবুং হায়না খঙনরি। তাংগং ঈচিন লোক কৈকং লোক নাতোনচাও হায়না কৌনরি লৈমনাই তাইবং খুন্তাব খোয়রায় খুনফমলেন হায়না কৌনরি। লাইনিংথৌনা কোরৌ নোংমা সাবল লমথোক্লক্লবদা কোয়না য়েংই হায়দুনা মফম অদুবু কোরি থোকফম হায়না খঙনরি।

১) লোইয়াচিং থৌরোম ইঙৌচিং লৈমনাই ইঙৌরোকপ ফমথেংচিং লাইখুন ঈরোংচিং নুংঙৌ পোকপী খমলাংচিং লমলেন য়াকৈথেন উচান পোকপী থেমশাচিং লোইবি চিংঙমলোক

২) লোইবি কুরাউচিং পোংলেন হাদচিং লেংলৌ কুরাও চিং লৈমা ও য়োৎথিন লেং মৈহৌবুং পাদম লৌনা চিং থাংং মেখু শানচিং

৩) লৈঙাংপোক মুংকনথেন লমলেন লাইথেংচিং ময়াং চিংরোই কেৎনচিং থেংরাই চিং বকই চিংদুম ঈরোং শা পোইরৈ ঈহৌরকপা পুংময়োল।

৪। সুমাই লৈরক তখেনকোন মিয়েনপুং হাংকোন চমু য়ুমচাও লৈমা শিন্নাইবী পনবু ঙাকপী পনঙাকপী পনঙাক লৈমা লাইচিং কোল মৈয়াং লিরোল ঙম্বা মীতম্বা লাল্লু খোংজ্রেং চায়নবা।

৫ মুংগামহা পানচুম্বা সাবল লময়েংপুং কাইনা হুনবা মযোম য়ুরৈমা পামশ। লাইথুংচেনবী খোবোম্বী।

হাওমু লৈমনা লাংলোন অমা পুথোক্তুনা চিংয়া তময়া কোয়রকই। মতম অডুদা নীংথিরবী লাইরেম্বী তনা চিকনা সান্নবা মফম অডুবু লাইচিং হায়না খঙনরি। লাইরেম্বী অহুমনা চিংডুনা লৈখিবা অডুবু য়ুপানচিং হায়না খঙনরি।

চিংউ খুভমবু অমুক হন্না শেমদুনা চিংয়া তময়া কোয়না চত্তুনা তাইবং মায়কৈ পানফবা, হুয়েন লাম্থেংনদুনা চিংয়া তময়া পুমনমকপু কংলৈ তমনা হল্লকপা মতমদা থাংহি ঙাঙোই চিংখোংদা লৈম তরিৎমুবু উনরে লাংওন লিলা মউ চার লিংখি ফমলেন লুচিংবা মিবকচিং থাংহি ঙাংঙোইচিং ২ বু কুচু রায়েন-ফম ওইনবা শেমলে। লৈতোংঙা ঙাডুরেন লৈতংঙা থাংহি ঙাংঙোইহিং ২ মকনা তিল্লবা মমিংদি ঙাংকুপফেৎ কৌই কুকম-চিং নোংপোক লৈছোচিং ২তা নোংলুম শং শেমডুনা মমিং থাংগী মমিংনা পিৎতৎ থাং কুপফেৎ শেৎ মিরাৎ থাং কৌগ্রে। পাখংবা নিংথৌনা লৈবাক মমিং থোনখি অসিবু কোমুং পন

হায়না খঙনরিবা অসিনি। মফম অসিদা সুংশাংনা পাল্লক্লবদা ইবেম্মা লৈফুরেন চনু লাইরেম্বী থিংবাই ঙম্বী কৌবীনা থম-ফমদা মচানিপা অমা পোক্লে। অঙাং অসিগী মরোং উবদা পেনবা লৈতে মমিংবু মুহিং পাখংবা কংলৈ খোম্বা হায়ন খঙনরি।

খোইয়ুম ইঙৌবা নোংলেন চিং নোংপোক কৌনা লাই শোরারেন লুচিংবা হায়না কৌতুনা মায়কৈ ঙাক্তু না লৈরে। লাই মখোয় অহুমনা তৌবা ঙম্বা লাংওন্দুনা লৈখি।

খা কংলৈ লিক্লাই কোঙ্গোই ঈরেম পনশাবী নোংলৈ নিংথৌ শোরারেল হায়না ঙাকলে।

মখা মায়কৈদা খোঙদারক্তুনা থাংঙি ঙাংঙোই চিংদা মহাক্কী খোঙ্লোয়গা লোয়ননা মমিং হই হয়া হং দ্রিং লৈকক লৈয়া শোরারেন হায়না কংলৈ পুংময়োল লৈবাক অসিগী চুক মরিমক্কী চুকশেল ওইনা লৈখি। মরম অসিনা লাইরৈমা ইমা হায়না শৈশক্লরি।

লাইরৈমা থিংবাই ঙম্বীবু তাকলমদে হায়না মপুক্তা তাথীরতুনা মায়কৈ ৭ থোকনা লাংওৱে ইবেম্মা অমগী মমিংনা ১) চিনফুরোন, ২) লৈচেকঙম্বী, ৩) লৈম লৈখমলেন ৪) চিংনু লৈমা, ৫) হাইনু লৈমা ৬) পিশিম্নু ৭] পিয়াইনু লাইরেম্বী পুথোক্লকতুনা য়ুমলেপ চার পানতোং শানথবা হৌখি।

গুরু সিদবগী হৈনা তুংইন্না লাই ওইনা থুপগ্রবা মতুংদা সনা খোংনাং লৈমনা অমুক নোংপোক নিংথৌ অঙাইবগী মকমদা

হাথদুনা মচানিপা তাইবং খায়বগা মচান্নুপী অঙাইবীগা পোক্লে। নোংপোক নিংথৌ অঙাইবা মচা ২ অসিনা অঙাং ওইরিবৈঙগী মতমদা হুন্দোকলমদুনা থ্পখ্রে। তাইবং খায়বা নমু পোংলেন হনবনা নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা মমিং তাইবং পোং হায়না থোনখি মোইরাং নিন্দু পানফবগী হায়ন কৌই।

মথা মায়কৈদা থোংঙাইবনা অঙাইবী পান্নদুনা চারা মউ লিংলন্মী থমফমদা মচা নোংদম অখুবা পোক্লনা মথংলেন শমথদুনা মতুংদা মচান্নুপী থোংঙাইলৈমা পোক্লমলগা লাই ওইনা থ্পখি। মফম অদুবু তাইবং চাদোন ফাওবা রারী ওইনা লৈরি। মফম অদুবু নোংপোক থোঙচাও হায়না কৌই।

চিংউ ইবুংঙো লাই য়ুচেংনা কংলৈ পুংময়োল লৈবাক অসিগী চক ৩ মকী চুকশেল ৩ ওইনা লৈখি মরম অসিনা লাইরৈমা খিংবাইঙম্বীনা মাবু তাক্লমদে হাম্বদুনা মপুক্তা তাথী-রকতুনা চিংয়া তময়া কোয়না চত্তুনা খিবদা ফংদ্রমাল্লে ফং-ঙমদ্রে মতুদা মখোয়দনা লাংওন শাম্নবা তৌঙমবরা ঐহাক্তি তৌঙমদত্রা হায়দুনা মশাদগী লাংলোন ৭ পুথোক্লে তেংমাই ন্নুগী শিয়োমন্নুংদা চঙখিদুনা লিরি ৎইখি।

তেংমাইন্নু হায়বা ইবেম্মো গ্রসি লুরাং গুরু চন্নুনি হিক্ত তেংমাই লেপপী লাইজ ঈশিং মরু ঈথৈবা ইমানি।

---

# কংলৈ পুংময়োল অমসুং চিংলাই তাইবং

কংলৈখোম মুহিং পাখংবা নিংথৌ তরিৎমুগা কংলৈ পুংদা লিরি খোংজেংনদুনা লম য়েংলকই মফম অদুবু থাংজেং থলোং কৌই অমসুং লৈমা তরিৎমু লৈশীরেম্বী মুমিৎ সনা লৈয়োন তে তে মিত্রেং সনা শংকোইরেম্বী হায়না লৈশি লৈখোম্মে।

পোংলেন খোম্বনা হৈরাও হৈরেম্মতুনা মমায় মথা পাংনা লমযেংবা লাকই মতুদা কংলৈ পুংময়োল অসি মপূ পান্দবা মরম্না শতু য়াঙ্গোম্না থূমতুনা মীচিক মীরাওখোন তাদনা লৈরম্বা অদুদা হাই লম অসিদি তোংলোম চিং ওইরে অদুদগী ককইচিং হায়না মিংথোনখি; কোয়না মথং মথং লম য়েংবা অদুদা চিংয়া মতা অহেনবা তোংলবা অমদা লাংওন হৈবী লৈশিরেম্বী লৈমা থেংনরে। মতুদা পোংলেন খোম্বনা হাই চেংলৌ শকথোং শকহেনবী মুজা লোইদাম থাজবু ঙমজবী খোয়নৌ নঙবু কনানো? খুমু মথিক ঙকচেংবা ঐ অসে লাইখারোন লৈফুরেন চম্মুনি। অদু ওইরবদি হয়েং চক অহুমগী লিল্লা লাংওন য়াওবীয়ু পোইরৈগী মমা ওইবীয়ু।

লোইরবা।

# শ্রীকুঞ্জো সিংহ পব্লিকেসনগী লাইব্রেরিকশিং

১। ককচিং (১৯৭১)

পুথ্রম্বম ভরত মৈতৈ।

২। ইজনীংই পরেং অমত্তুং কবিতাগী (১৯৭২)

শ্রীপুথ্রম্বম কুঞ্জো সিংহ।

৩। ককচিংগী খরদং (১৯৭৬)

শ্রীম্বোইরাংথেম প্রেমানন্দ সিংহ।

৪। ককচিং হরাওবা (১৯৭৬)

পুথ্রম্বম ভরত মৈতৈ।